# পাখংব

অইব :-

শ্রীয়েংখাম ভাগ্য সিংহ



মমল লুপা ৪'০০

# হিরম লামাই





ঝোংব :—শ্রীহৈমাবতী দেবী
য়াইস্কুল পুলিশলেণ ইম্ফাল।




কোপী মশীং —৫০০
ইং জুন, ১৯৮৫ ইসেন

ফংফম :
ডাঃ ভাগ্য য়াইস্কুল পুলিস লেন

---

নম্বম :—দি ওরিয়েন্টেল প্রিন্টিং হোম,
য়াইস্কুল, পুলিস লেন, ইম্ফাল।

# অংচি



অংচি. মৈতৈ পারাগী অমসুং পুবারীশিংগী ইথ ক্রেক হৌবদ শিজিন্নব অহানবা মথোক্কু। মসকসি য়েংবদা উহৈনা হৌগদবগী পোকথাম্নপা মথোন চোংব অচৌবা মাপা তিংথোকপহু মাক্কি, অহুদগী -ত্তনা মীওইবগী হকচাংগী ফম্বি ( বীর্য্য ) দা য়াওবা মাইক্রো ক্কোপ্পা উবা মহৌক ইংরেজীদ সপারমেটোজা কৌব মখবাই পানব ওমু মাহা মানব পোং অমগস্থু মাম্নে। মীওইবগী ফম্বিদা মসিগুম জীবসি অমুক অমুক শিঙ্কবদা নিযুত অমরোম য়াওই, মহুগী মথুংদা অমথকনা হুপীগী লৈদগী থোকললকপা ঙা-ৎ মওং মান্বা ইংরেজীদ ওভম্ ( ovum ) কৌব অমদ ফম্নগা অভাং সেম্বা হৌই। মতৌ অহু থওখিবদগী মৈতৈ মাইবা-শিংনা অংচিনা হৌহনা লাইরিক ইথিবর থনদব ওমদে

শিনয়োমসুং অমদি মাউ-য়ুম ( uterus ) গী মথুংদা ঈবা লৈ। মহুদা মহৌক অংচি অসিগা লৈ ( ovum ) তিমবাহু উরগা শ্রীহরিনা হিরণ্য গর্ভদা খোংনাং মনা মথক্কা হিপ্পুনা লৈরখী হাক্পা পুরাণশিংহু মহু থঙ্কহনা ইথয় লিংলৈ। ফিদ্ বাইথেরী লাইক্লিব য়েংলগা অংচিদগী অভাং ওইনব হোংলরকপদা ঙা, থেক্, হক্তোই য়োং মনুগা মপ্পাসংহ অবতার মওং মানব উব ফংই। মথংদা অক্তো ওইদা থোকললকপদা কাউরিদা ম.উথম য়াংব, মথোঙ

অনি পানবা অঙাং থোক্লকপঙ্খু বামন শাওন ওইবনি মথংদা অক্লোমা থাং তেন পায়রমা শামবনা সিংজং পায়ব পরশুরামি. অক্লোমা মঙুম পানব হেবম। শ্রীরাম সীতানি, য়েনব, লোউবা. কন-তৌবমা শ্রীকৃষ্ণ অবতারনি. অহল ওইরক্কুমা শিংলকপা মিংসা থাদোকপ বুদ্ধ অবতারনি, অরোইবা য়াহিপ তাননদাইবু ভগবান কল্কিগী শাইওননি। মৈতৈ পুয়াদা শ্রীকৃষ্ণগী অবতার তরাসি অনিরক তৌই হায়রি। শ্রীমদ্ভাগবতমচিংবা পুরাণদা হয়া হয়া তৌখি হায়রি। অমা ওইরবসু অমা ওইরবসু অংচিনা অহৌবনি- অংচি সনামহীনি মৈতৈ ঋষিশিংগী হেন্ন উশিনব (অভিজ্ঞতা) হায়বদ হায়মনব থোক্লোই।

গুরুশিদবনা টাইবং সেমগে হেক থনবদ অং হায়খি; অং অহুপা লোয়নমা য়াইবি মচা অমা চিথখি. চিথখিবা য়াইবী মহু মিংমা উব ফংত্রব ইবুংঙো মাগী মতৌনি শিক্লব অংচি মত্রগা অনচি টাইবংগী মক্ননি সনামহানি মমিং অমনা অই নি। অই (ঐ) আজ্ঞানি।

মৈতৈ শিংত-পুং (ঋষি) শিংগী সনা রাথল মিংয়েংদ টাথিব অংচিসি উরপা লিতপুংশি'দো লাইমক্লী থমৈ। মথোয়ংগা সনামহী পাখংবগী বাপি ইরগা গুরুশিদবগী মচা অহল সনামহীবু গুরুমক্লি তাকপিরি টাইবংগী হকচাংগী মপুনি, অহুপা অংচি অচমা টাইবং ফাওরগা পাখংব ওইহুনা কনাগী মচ্চানো থঙহল্লি, টাইবং পুম্নমক্লী নিংথৌ ওইহনবসি অঙকপা ব'রিনি জীবগী হকচাং টাইবংগী নিংথৌনী। বামণ অবতার তৌরগা বামণগী খোঙকম

অসিনা স্বর্গ মর্ত্ত লৌথিব মলিগী মকোক খোঙফম অমা থমখিব অচ পাখংবনা টাইবংগী নিংথৌ ওইরে হায়বগুনি; পাখংবা হায়বদি অঙাং অচুবুনি উগী মচানা উ-পামবী, ঙাগী মচানা ঙা, খ্বাংগী মচানা খ্বা, তৌলগী মচানা তৌগ, মীগী মচানা মী ওইব। যন্ত্রবগী মচা-না ফত্তবা মী ওইরি, মীচুনা অকব রাখল মত্রগা থ্বক অকব তৌবদ পোক্লকপা অকব মচা ওই — অচুনদি অঙাং অচুবু পাখংব কৌনৈ। টাইবং মপুস্থ পাখংবনি, মহাক্তি, মী, খ্বা, উচেক, তৌল, কাং, উ, নাপাংগী মপানি, পুম্নমক্তী মপানি, মহাক পাখংবনি। পাখংববু নি জো পাখংব কংজগনি মীওইব। ঈশ্বরদি পাখংবনে খনজো। ইবুঙোগী পিক্লব মূর্ত্তিনা সনামহীনে। সনামহীবু টাইবং পাখংবগী মমাস্থ হায়বদি, মাদি অংচিনে, অংচিনা 'খংবগী মচা পাখ' ওইবনে, মীওইবগী হকচাংদি পাখংবনে, খ্বাইবিনা সনামহীনে। হকচাং পাখংবদি লৈমরেন শিদবীগী শাওংনে। গুরু নংত্তমা লাই মশক থঙদে। মরম অচুদগী লৈমরেন মীংদনা সনামহী কংদে, সনামহী থঙদানা গুরু শিদব থঙদে হায়রি। বৈষ্ণব সাহিত্যনস্থু শ্রীমতি রাধিকা মত্তনা শ্রীকৃষ্ণ ফংদে হায়রি, সনামহী গুরু শিদবগী পীকাসনবা মসকনি। অসি পুম্নমক কনানো? ( অহং কোস্মি ) Who am I. হায়বসি ইথক্তা হম হম হংলগ অই (ঐ) সনামহীনি, অই-গী হকচাংনা পাখংবনি মহৌশানা লৈমারেন শিদবীনি হায়ব পাউথুম অমা থোক্লকই। হে মীওইব। টাইবং মপু পাখংববু নিংজো, পাখংব ওইব কংজগনি। লাইগী মচাদি লাই ওইবনে; মনাইনি থনগনো, ইবুঙোবু পঙ্খোনে থজো,

পন্থৌগী মগুণ মাংহনগনো। পাখংবদি অতিয়া গুরু শিদবনে, ব্রহ্ম ( মৈ ) হায়বদো মহাকনে, অযুক মুংখিল নংবু কোল্লি সুমিং থা নোংথৌ, নোংখা, মাহাক্কী সকুওংনে। মাপাল মাইত্রবস্থ নমিত্তা মসক মাইনা উংলি ইবুঙোদি পাখংবনে, মালেম অসিনা পলেম লৈমরেন শিদবীনি। অংচিনা মাপি পুম্নমক তাকপিরি, অংচিনা সনামহীনে মরু লেপ্পুনে, হকচাং পাখংবগী হৌকফমে।

---

# সনামহী

মৈতৈগী কুইনা নিংজররুব লাই সনামহীসি যুগ যুগ খুদিংদ শাওন্ তোঙান তোঙান লৌরকপ লাইনি। ইবুঙোসি হরি চক্তা নিংথৌ কাংব কাংখল লৈমা তারিনা নিংজবা হৌখি। নিংথৌ কাংব কাংখল কৌব নিংথৌ অনি লৈখি, অমনা শিল্লী লৈমা লৈতং চম্বুনা পোকপনি, অতুপা অতোম্ব কাংব কাংখল অমনা লৈচিক নিংথৌ চম্বুনা পোকখিবনি। অহানবগী কাংব কাংখলা কৌরু পোইবীগী তম্বাক লইরি ( লৈরি ) কৌবা লাই ( লৈ ) পাম্নি মথোঙদা থাংনিং মিংকোম্বুনা ( তপস্যা ) তৌদুনা সনামহী কংখি। খোইনা লৈরিদা ইন্বা উরগা খোইহিবু খনবদগী সনামহী বাখল মঙাল ফংখি। ইবুঙো মহাকপু লাকে

চারচ্নবা লুমগ কৈজাও অমা মাগী রাণী তারিগুমা থেংনগমা পাম্ব (ব্যাঘ্র) অহুবু মাঃল-হুমা থেমজিনখি, অহুগা পাম্ব অহুগী মথক তোংখংতুনা অঙকপা মতৌ উংখি। মতৌহ উবগা নিংথে কাংব-কাংখনা পাম্বোইবীগী বাখল ফংনকনে। (লৈরিদ) লই-রিদা শাব থোই মহুম উবদগী মৈতৈগী শাগে অমমন্থু থোইরা-নিঙুম্ খমখি।

অসিগুম নিংথৌরেম কাংব-কাংখন অসিমা ভারতবর্ষগী পুরাণকারশিংনা পৃথু মহারাজনা পৃথিবীদা লৌ-উব, হুম পানব হৌদোকখিবগুম্ মৈত্রবাকী মোংপোক ঈংখোলদা লৌ-উবানচিংবা খবক হৌদোকখি। মহাক্কী মতমদ উশা কৌব তেংথাহৈব ইরাকমা (কবি) অমমন্থু পোকখি। উশা অসি উরগ্ (উরোগ্) শাগৈদ পোকখিবনি। সংস্কৃতকী পুরাণ কয়াদা উরগ্ শাগৈবু পমব থেংনৈ। উরগ্ শাগৈদ পোকখিব নিংথৌগী মপুংদ কঙ্ তোলোং অমনি, অহুগা উকুম থাউজোনবীমা নৈমা অথোইবীনি। মৈত্র-বাকপু তোলোং ইরি প্রদেশ হায়মন্থু কৌনৈ। উইমপোক্ত পানখিব নিংথৌনি।

অশাসি ভারতবর্ষগী পুরাণদা ইরিব শ্রীকৃষ্ণনা হায়রিব অথোইব কবিদো অহুমক্রা চিংনব য়াই। শুক্রাচার্য্যসি দেবতাগী শুরু মংখিদে, অসুরগী শুরুনি। শুক্রাচার্য্যগী মমিং অমা উশা কৌই। অইমা ভারতবর্ষগী পুরাণকারশিংমা মৈতৈগী কাংবু-বু মতম'হুদা অসুর নিংনরমনি। উশাবু অথোইবা কবিনি হায়বদি শ্রীকৃষ্ণ ভগবানমা শ্রীমদ্ভাগবত গীতাদা ইরি অর্থদি:—

শয়প্পা কবিশিংগী মনুংদা উশা কবি কৃষ্ণ অইমকনি মৈতৈগী উরগ্ শাগৈনা কাংছজম ওইখি, অহুগুম কাংছজম শ'গৈদ ভগবান উশা কবি লাংওনখি।

অনিশুব নিংথৌ কাংব কাখনা মচা মাপল পোকখি, মখিংদি— (১) কোংকোই, (২) তেমা (৩) য়াংমা (৪) দেশ-রতন (৫) উরেন খুব (৬) উরেন হনব (৭) ইরেম ৮) থাবি (৯) লংপা। ১) কোংকোইনা পোং পোকখি, ব্রহ্মদেশগী অৱাং থংবদা খুন্তারি। ২) তেনমানা মৈতৈ মাবপী পোকই মৈত্রবাক্ত খুন্তারি। ৩) য়াংমানা মায়াং পোকই, হৌজিক কাছাড়ী কৌনরে কাছাড়দা খুন্তাখি, মখোয়বু হৌজিক ময়াং কাছাড়ী হায়না খঙৈ, আসামগী বড়মন্ত্রী সাইকিয়ানচিংব ক ছাড়ৌনি। ৪) দেশরতমা তক্কেন অমদি ত্রিপুরাদ লৈবা ত্রিপুরাগী নিংথৌ শাগৈ পোকখি। ৫) উরেন খুবনা কুম্ভম পোকখি, পাকিস্তানগী পাঙনশিংসিনি ৬) উরেন হনবনা থৌকচোম কৌব মোইরাংদা লৈব কাংবু পোকখি। ৭) ইরেম্মা দিন্নিদা পানখিবা পাসা শাগৈ পোকখি। ৮) থাবি কৌবা মচানা থাকি অমম্ভুং চাইরেন পোকখি, মখোয় অহু চীন দেশগী মনুংদা লৈরিব অরিব চীন অমম্ভুং চাইরেন কাংবুনি। সেকমাই, সিকিয়াং সহরগী মচানি, ভগমুগী মমাক্ত টারিব চাইরেনচিংব চযু শাবদ হৈরিব জাত অসি চিনাম্নি। ৯) লংবনা লাংতেক কৌব মচা পোকখি, মহাকী থারাপী রাদি ইরমদে।

মখোয়সি সনামহী লাইনীং লৌখিবগী বাদি কংদে। মুবা-পন্নি মৈত্রবাক্ত কৈহৌব মৈতৈ মালবীগী মচানা সনামহী লাইনিং পখাপ চংনখি।

সনামহীবু মখিং তোঙান তোঙানা খোলই। কনানা ইবুঙো মবু মুখিংকুম খঙ্গা মুখিংকী মঙান সনা মচুবু সনামহীনি খৈ, অতুগা ব্রাহ্মণশিংনা শালিগ্রাম নুংমতুম লাংপগুম মৈতৈনা মুখিংকী সকোম মানব শেল মখাই অমা যুমগী কাচিন্দা লাংবৈ। মৈতৈনা ইম্ মত্রগা যুম শাবসি মীগী হকচাং মওং তমহন্না শাবৈ। ইম্গী য়াঙনা য়াঙলেন, ফুজানা খমোয় খুংশাবী, চাকুখুম্না খংথোলবীগী স্বোর হোমকম, লৈমারেন কাচিন্না ঈশিং য়াফম (urinary bladder) মাঙোমগী কক্লাং অসিনা খোঙ্ অনি, মখিংথোংনা য়া, মমাং খোঙ্না ঈশিং খোঙ, লোয়াই লৈমফুদি গুরু শিদবগী কমকমনি হায়রনা যোইয়াং লাইচিগী কাচিন্ন সনামহী লাংবৈ।

কনাগুম্বনা ইবুঙোবু মুখিংনি কনানা গুরু শিদবগী পিশক পিকশিন্না লৈব গুরু শিদব মচানি, কনাগুম্বনা মাহাক্তি গুরুমক্তি, কনাগুম্বনা মহাক্তি শঙ্কর মহাদেবনি খৈন্ন। ইবুঙো মাহাক অরিব অনাব ( Chronic disease ) ফনব, কম নাইনব হোংনবদম্ম মীনা খুরুম্ম। মখা অসিদ য়াইরিবোক্ত লৈরম্ব ওঝা মাইব লাইশ্রম মেরামা সনামহী খুরুম্ব মওং খর ইজ্রি :—

সনামহী খুরুমদ লৈ (লই) মশী ১০৮ চঙই। তাইরেন মনা, পুমফাইবু ঈশিং অশেংবদ হাপ্পগা খুরুমগদব পোংশিং অহু

ঈক্কজরব মীনা, তাইরেল মনামা অমস্থং পুংফাইনা পোংশিংহ ঈশিং চাইহনা মন্ত্রশিংসি হায়না শেংতোকনি :—মন্ত্র ঃ উং হৈ, উং হে উংহৈ হৈগে. য়োইপা য়েংগা য়াইগা থৌরী থৌতিং লাংবু থৌরীথোকু পোং থো তম্গী থাংবা মাবু লাললংদে, মুমিংস্থ পোংথো তম্নে, মুমিং মাবু লাললংদে। য়ারা কোমথাং শাংগী পোংথো মথং পীরগে, মোংজা পাক্লৌ থোরে। কুমচা পাক্লৌ থোগে, তোরগে, ঙাক্লরে হা উ' হায়এ।" লাইশোলসি হায়হনা পোংচং নৈ ১০৮ অমস্থং যজ্ঞোম ক্ষের হৌনব চেং ঈশিং ওয় অস্থম নায়হাইহনা শেংগনি। নপুক্লাংনা পোং চৈশিংহবু থুরম্মু। পোংচৈশিংস্থ ইবুঙোনা পীবনি! যজ্ঞোম ক্ষের অহু চুহি চিনি, কর্পূরমচিংবা হাপ্তুনা মাইব মক্ক মত্রগ থুরমলিবা মীহনা হৌরগা কংকনি। ক্ষের অহু হৌবদ তুলসী মশা অকংব অমা নৈ থাবদ য়াশহন্। নৈ (লই) ১০৮ অহু শরুক ১৮ তরা নিপাল থোক্লগা থম্মু। অহুগা ক্ষেরমচিংবা, য়েক্রুক, থাউমৈ থারগা কংমব থোরাং তোহনা থম্মু। অহুগী মতুংদ ইবুঙোবু কৌজৌ (লাইশোন্দি):— ১) "অকু অকু হুঁঙা ঈংথরে থ্যাও।" হায়হনা ইবুঙোবু কৌরগ কংলু। অমুকস্থ কংনব মক্ক ওইব মন্ত্রদি অমুক অমুক কংপদ মথায়গী মিংথৈ ৫ অসিদি হায়ব তাই। মিংথৈ ৫ সি নৈ ১৮ থোক্ল খায়বহু কংপ অমস্থং ক্ষেরমচিংব কংপদা, দাক্ষণা কংপদা শিজিন্নৌ। ১) শম্মোংদ নৈরগা শম্মোং পুংমাই লেপ্ল কৌব ইবুঙো ২) নৈরক্ত নৈরগা নৈরক সাথোব হুমতং লাই ওইব কৌব ইবুঙো ৩) লমচাউদ নৈরগা নৈঘিক্ হু-চাকপা কৌব

ইবুঙো ৪ ) শাইচুম তাকমদা লৈরগা শারেং মীমান্ব কৌব ইবুঙো ৫ ) মাইব ফমদ ফমগা কুকুপ তুমাইব কৌব ইবুঙো হে ইবুঙো নংগী ভাংলৌ খুম্না খাদ লৈশিংসি কৎচরি। কংপ লোইরগা হা উং হা উং হাঙ্ঈএ অন্দুম্ন শোল্লো। মথংদ লৈমরেল্দ পোৎশিংচু কৎলু। মন্ত্র দ ক্লী ঁ ইমা লৈমারেন শিদবী লেহিংনপ্ কা লৈমারেনগী সনাগী কোমক্ু তাখিবদো তাকরোই ক্লী ঁ কৃষ্ণ মঞ্জরী স্বাহা। চৎ চৎ ইমা লাইনিংবৌগা অমত্তনি ।নপা নুপী তিম্নরে। নিপানা হান্না মচুম ত.রে নুপীন্দু তারে অনিমক তিম্নরগা টাইবং সেম্বী। পামহৈব নিংথৌনা সনামহীবু মহাদেব মহেশ্বরনি খনজহনা চীংচারোইবী কৎচখি। চীংচারোইবীগী অর্থদি চিং-মচা অরোইবী সংস্কৃত লোন্দা পার্ব্বতি হায়বছনি।

হিন্দুগী লাই অতে খুরমম্রিঙৈদা শ্রীশিব মহাদেববু খুরম্মু হায়বগুম মৈতৈনা ভগবান সনামহীবু হান্ন খুরমনৈ। ইবুঙো মহাকপু জীবগী আত্মা ( মাইবী ) নি হায়রহনা অই ( ঐ ) মসক খঙনব হোৎনবদ ইবুঙোবু হান্ন খনগনি। ভগবান অতিংকোক্ন ( ব্রহ্ম ) মা টাইবং সেংগে খনবদ অং হায়রহন চিথখিব পোৎ, ইবুঙো গুরুশিদবগী মচানি হায়বসি অপিকপা মওংনি। টাইবং-পানবদ উরিব পোৎ থৈবিক মীওইবগী হকচাং উ রা শা, লৈপাক লৈমা উরগা বাখল তপস্যা ( খাংনিং মিংকোন শকপ ) দা গুরু-শিদবগী মওং খঙবা ভমনৈ। অই ( ঐ ) কনানো ? অহং কোহম্মি হায়রগা ভগবান সনামহী উগনি। মসি থৈতৈগী লাইনিং-ধর্ম্মনি। শাজৎ লমচৎ ভোঙানা নিংনৈ। নিংথৌ কক্সু তোলোংবনা

ইবুঙো মাবু "শারেন অচিব" বিরাট মূর্তিদগী চিথরকপা মপূ হকশাং অথোইব কৌথি।

মহারাজ শ্রীখাকেম্বনা বিষ্ণু নিংবা মণিপুরদ পান্থিব নিংথৌ অমনি। মহাক্কী মপা ইবুঙোদি হিন্দুগী শালিগ্রাম পূজা তৌরগা বিষ্ণু নিংব হৌথিবনি। মহাক্কসু ইবুঙো মহাকপু টাইবং খাম্বা, ঈশিংচাইব সনাহল অসিনচিংব মিথোল কংচহনা নন্দ যশোদনা শ্রীকৃষ্ণবু মচাগুম নিংবগুম নিংজখি। মৈতৈনা বিষ্ণু নিংবসি ভগবান চৈতন্য প্রভুনা বাঙ্গলা দেশদা শাইগন তৌথ্রিঙৈ-দগী বিষ্ণু উপাসনা তৌরবনি। খাকেম্বা মহারাজগী মপাবুংনা বিষ্ণু নিংলবনে, মাহুগী প্রমাণ বিষ্ণুপুরগী ল ইসংনে। কোম্বুংদ লৈরিব বিষ্ণু শালিগ্রাম অসিমক ভগবান সনামহীমকনি। নরম অহুনা মৈতৈন সনামহী কাচিন্দ বিষ্ণু শালিগ্রামসু থমহনা নিংন-রকপা রারি কংবিগনি। রাম ধর্ম্ম চংলব গরিবনিরাজনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম চংলব শ্রীভাগ্যচন্দ্র মহারাজনসু সনামহীবু নিংজখি। মনি-পুরেশ্বর মহারাজ ভাগ্যচন্দ্র অসি নবদ্বীপ্তা গৌরিয় ধর্ম্ম হৌদোক্লব থারকপ ভক্তনি। বঙ্গালীশিংনা গৌরিয় ধর্ম্ম পামলমদে অহুনা ইবুঙো অসিনা মথোয়গীদমক য়েংবিহনা বঙ্গালা লোন্দা কৈশে শকহনখি, মজা ইবেম্মা বিম্বাবতীবু ৺অদ্বুপ্রভু পুহনখিরনা নবদ্বীপ্তা গৌর ধর্ম্ম প্রচার তৌবিখি।

অচুম হায়রবদি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজদি মৈতৈগী কৃষ্ণ ধর্ম্ম হৌদোকপ নিংথৌনি হৌজিক মতমগী মৈতৈগী গৌর ধর্ম্মগী গুরুদি প্রভু চিংথংখোম্বনি; মহাকপু শ্রীভাগ্যচন্দ্র কৌরুবতনি।

মহাত্মা শৈবশাক্ত ধর্ম্ম চৎলব বঙ্গালীশিংদা বৈষ্ণব পদাবলী সকহন্নুনা গৌরধর্ম্ম ছন্দোকপিখি। বাঙ্গালীশিংনা হৌজিকস্তু মাগী তিরোধান দিবস ( লোম্লাব মুমিৎ ) মেরা থাগী চাউরেন মনুংদ পাংথোকলি।

ভগবান সনামহীদি মৈতৈগী পাখংবগী লাই পিক্ক উৎপা. ব্রহ্মগী কাহ্লাইনি। মৈতৈ ঋষি, মুনিশিংনা ইবুঙো মাগী সকুওং অহু মণপানা চৎলিব মীওইব মংগী থরাইমিগী মসক অঙাং মণসাহনা চৎপা কিভম অহু থোইজি খাদ থমহনা নপুনশি মরোশিং, মরম নচাক নিজো. মংগী মসাদি মৈমরেন শিদবগী মচা পিক্কব মৈমারেন শিদবনে. থমজো তাকপিরে। ভগবান সিদ্ধপুরুষ মোইরাংথেম্বনা থোইজি খাদ মসাগী মণপাব, মিৎ মাংগা মুক চাউব মুর্ত্তি থন্নুনা পুনশি নিনব হায়বিরমই। করগুম্ব মৈতৈনা ভগবান স্নামহীবু থরাইমিনি থওদবদগী হিন্দু ধর্ম্মগী গণেশনি থমে, গণেশদি ব্রহ্মবৈবর্ত্তব পুরাণগী মতুং ইন্ন তুলসী কংবদে. অহুনা সনামহীদা তুলসী কৎহৈদ হায়বৈ, মাহু অরানব রাখন্নি অহুগা ইমুংদ উতিল ঙাওরবস্থু সনামহীনি হায়বৈ। গণেশগী শাদোংদি উতিলনি হায়বদগীনি। কনানা সনামহী ঙা অসিব সিধা থিনব য়াদে, যজোম কৎপ য়াদে হায়নরি। জগৎকী মবুঙো সনামহীদি য়াব য়াদব লৈতে। মহাদেব মীংব কাংবুনা ইমুংদ লিন চঙলগা মথোম্বনা সনামহীবু মহাদেবনি থন্নুনা খুরুমজে। কনানা মহাদেবনী খনবদগী কুঙো লইরাং কৎহৈদে হায়বৈ, মরমদি মহাদেবদা কুঙো কংনদে। তুলসী, কুঙোনচিংব

টাইবং মপূ পুজা তৌবদ য়ারবদি সনামহীদি টাইবং মপুনি য়াদব লৈতে। হিন্দুধর্ম দগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণ পুজা তৌবদা শিব, গণেশ, দুর্গা, সুমিং মৈ লাই মংগা হ'মা তুলসী, চেং থোইদিংমা পুজা তৌবৈ, মরম অদুনা ভগবান সনামহীদি শ্রীকৃষ্ণগী মসকনি সত্য সনাতন ব্রহ্মনি, পোৎ খুদিং কৎপ য়াবনি।

মৈতৈগী বারীদা সনামহীগা পাখংবগা লোংথোং কোয়বগী বারীগা গণেশ কার্ত্তিকো লৈপাক কোয়বগা মাপ্নবদগী ইবুঙোবু গণেশ ওইনা খল্লে। ইবুঙো মহাক্তি য়াইবিনি য়াইবিরেন (পরমাত্মা) গী পীক্লব মসক্লো মাঙোক্ন কৎপদ য়াদব লৈতে খনবিউ।

সনামহী মূর্ত্তি:–মণিপুরদা মৈতৈগী য়ুম খুদিংদ লাৎপ সনামহী মতৌমা মীগী মসক মাপ্না শাবা ভগবান সনামহীগী মূর্ত্তি অনিখক খ্বাইনা উবৈ, মূর্ত্তি অমমা মণিপুর য়াইকসুগী লমদমদা লাংলিব মূর্ত্তিনি, অনিশুব অমনা শুগনুদা বাংব্রেনগা লোয়মনা লাংলি। সনামহীনা ময়াইদা, য়েগা ইবুঙো বাংব্রেমন, খ্বাইগী ওঈ থংবদ মহারাজ ময়াং ভরগী মসক লাংমরি। থাইনগী লাই হরাওব হায়বসি হৌজিক মতমগী "জয়ন্তি মত্রগা পালন" অসিনি। লাই হরাওবসি কুইনা তৌদব কৈ, মাদুনা জাতকী চাওখৎপা হেনগনি শাংন হরাওব অপাম সুংশিগী ওইনা থোকই।

---

# উদাসিন্ বিজয় সিদ্ধপুরুষ

## অমসুং সনামহী নীংব

কনাগুম্ব পণ্ডিতনা [illegible]া সনামহীগী মূর্ত্তিগা লৈমরেল শিদবীগী সঙ্কম্‌গা পুন্না খুন্দা লৈথারেনবু হাম থুরম্মু হায়বিখি। মাসিদি লৈমারেমবু খংদানা সনামহীবু মসক খংদে; শ্রীরাধাবু শ্রীকৃষ্ণ খঙদে হায়বগুম্বনি। হৌনবী মতুংইন্নদি নিংথৌ হন্দোক্লগা মথ্রাসিঙ, ময়াম্বুং, মপা ইবুঙো থুরম্নদে, অহনদি লাইনিংথৌ সনামহীগী মসকপু হাম থুরমগনি। বলরামবু ময়াম্বু'নি হায়রুনা পুন্না লৈরবদি, শ্রীকৃষ্ণবু হাম থুরমনৈ, শ্রীমতি রাধাগা লৈমিন্নরম্থু হাম ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু থুরমনৈ, সনামহী লৈমারেন অনি লাইসং অমতগী মফুংদ লৈরবদি ভগবান সনামহীবু হাম থুরমগনি। লৈ-শু, চন্দন, তুলসী, যজোম কংপদা অপনব লৈতে, পুন্না কংলবদি গণেশ অমসুং মহাদেবদসু তুলসী অমসুং কুন্দো কংনৈ। ভগবান সনামহীদি য়াইবিনি, আত্মানি, আত্মা খঙদানা শুক্ল শিদব অমদি পরমাত্মা য়াইবিরেণ শিদবা খঙব ঙমদে হায়বত্নি।

মনীং তৌনা কংচবদ অরাব থোকলোই, মী অহনা মপুক্লিং চিংনরগদি কত্তব ফৈ। ইবুঙো মহাক্লি য়াইবিরেণ শিদবা, সনামহীরেণ হায়বত্সু মহাক্লি। ভক্তশিংনা ধ্যান তৌহনা থমোয় মন্দিরদ লৈব মপূদা কংলগা মূর্ত্তি (মিতম) দা কংনৈ 'অই কনানো ?" খঙনব লাক্লগনি, অই (ঐ) লৈত্রবাদি সংসারসি অই-ঙোন্দগী মাঙ্‌ত্রবনে।

# গুরু নাইব

মৈতৈশিংনা এলহৌদগী গুরু নাইব তম্লকই। গুরুনা সেবোক্না অমিনা উমকম্ব ওক্ক[illegible]া গুরু সং কৌরে। মিং-ঙ্গাম অমিগী মরক নাইপাক খেন্নাইবু ওক্কসং কৌরে. মিংঙ্গা-ঙুদ নৈবা মিংনহা হায়বদো গুরুশিংবগী শিরুব গ্নামহী মওংমে মিংয়েংদি মাতোম মতোম য়েংলগা রাখল্ল মিং মাহাক্কু চাউব খংচি সক্কম শাহ্লমা সনামহীবু খনগনি খাংনিং মিংকোন শকনি হায়বদি খাওব কম্না নিংশিংমা ইবুংঙোগী মিং শোনগনি। তপস্যা হায়বাসি মৈতৈলোন্দ খাংনিং মিংকোন্ শোনবনে। গুরুনা পীব মিংথৈ ভক্তনা শোন্দুনা মিংমহাক্কু চাউনা খোইজি খাদ ইবুংঙোবু রাখল্ল থগ্লগা খনজৌ, পুনশি নিখৌ মাহাকপু সেবা কুইনা তৌজবব মিজগনি। মোইরাংথেম বাবাজিনা যথশানা চৎপা ভব নংগী মসক অহু খনজৌ তাকপীরক্পী সিদ্ধ পুরুষ মোংমদ অচাপোৎ থুয়া ১দগী য়েন্না চাদে অহুবু মপাজল য়াম্ন কল্ল। খা অমগী মহুংদ যোগপী মপাজলদগী খমাংব ঈশিং চৎপ অমুক্তং তৌই। এখোয়গী থা অমনা মাগী মোংমগা মান্নৈ। মহাকী অহানব মমিংদি বিজয় সিংহ কৌই। জটানা মিংহু নৈনা মিংথিজৈ, কিজেক্তি কিসি শেংপা লথোইবনি। মাহাক অসি পৃথিবীগী অমিত্তবা লানজাওগী খমাংদ বিষ্ণুপুরদ লেঙলক্লম্মী, উদাসিন সাধুনি, মণিপুরগী কোংবদ লাংগল তৌরকখিবনি।

---

# এংখোইব ত্তোম্মোন

অইবু পোকপিরম্ব এংখোইব অসিন ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু নিংবগা লোয়ননা ভগবান সনামহীবুসু শ্রীকৃষ্ণমকনি মিংখি। পন্থোরা সনামহীবু নিংব মতমদা মখাগী লাইশোন (মন্ত্র) সি শোন্নি। হৈরুক তাঙ্গা, লৈ, তুলসী মঙ্গোমগী কোনাম মাওনা খুরমই; সনামহী ভগবানদ অম্মু হায়জৈ:-

সম্থোং পানব নিংথোপা নমিংদি
সংথোং লেপ্পা, অপিথক খম্ব নিংথম্ব
থাং নৌপা হুই-মহা কোকয়াম্ শাব
তাকুফদব লাইনিংথৌ, মচুদি মুনা অহিংব
মান্নিব। লৈপাক মাইব খুরাইতাংসু মংনি
নিংথৌ মাইব চিরাইতাংসু মংনি।"

অর্থ:—সম্থোংপানুব=টাইবং ছম্তোকপা, নিংথোপা—নিংজবদ পুক্নিং থোব অপিথক=মিংমহাগুম পিক্ক উৎপ, খম্ব=টাইবংপানদা খম্লব অথেংব, নিংথম্ব=নিংজবা খুংহনবা, থাংনৌবা=খুাং নৌহনা কজব, হুই-মহা=লুই থাবাগুম হকচাংদা লৈবা কোকয়াম শাব=জীব পুমনমক শাবা বিরাট মুর্ত্তি ওইব, তাকুফদব লাইনিংথৌ—কোম্বোল তাকপগুম মাওনব, আন্নাদি শিব মাইদে হায়বগুমনি, লৈপাক মইপা অসিনচিংবদি—টাইবং পান জীব-শিংগী মৈপা পীমবা নিংথৌগীসু পিবিরিব পুমনমক মহাকনি।

---

# স্নামহী খূরম্লগা

## লৈমারেন খুরম্নব লাইশোন্

"ক্লী ইমা লৈমারেণ শিদবী লেহিংনপক."

মন্ত্রসি শোন্নগা অয়ুক নোংডামবদ মাচংবদ মেক্রুক নি থাহুম ইমাবু খুরমজো. চাবা থকপা য়াংলোই।

অর্থ :–ক্লীংগী অর্থদি কুরু লৈমারেন অনিমা পুনব ইমা, লৈপাকী মপ্পা অথোইবী শিবা পোকপা লৈতবী, টাইবংবু হিংনবা কাবিরিবী হায়বনী। টাইবং পানদ লৈরিব থৈবিক কাবা মবেপ্পানি।

শ্রীযুক্ত পণ্ডিত রাজ ভোম্বাপু শর্ম্মা তাকপিখি :–অতো ভাগ্য! মায়াং লাইদি মহে পীব খীনবনে. মৈতৈ লাইদি খুদক্ত মহৈ কংবনে।

শ্রীযুক্ত ৺পণ্ডিত রাজ ভোম্বাপুনা তাকপিখি মী অয়াম্বনা 'মূল মন্ত্র' খঙনদে শ্রীকৃষ্ণদা অমম্নুং সনামহীদ পোং কংপদ মূল মন্ত্র শোনগনি। শ্রীকৃষ্ণগী মূল মন্ত্রদি :–

ক্লী কৃষ্ণায় গোবিন্দায় গোপীজন বল্লভায় স্বাহা॥ (মন্ত্র অসিন পোং কংপদ তুলসী মচুমনা হাইদোক্লব পোং অহু কংচো)

ইং কুমচা ১৮৮৩ দা মণিপুর পুলিসলেঙগী অয়িব সনামহী লাইসংশিদ ভগবান সনামহী মূর্ত্তি থনম্মী, মতুংদা মণিপুরসি বৃটিশগী করদ মিত্র রাজ্য ওইরবদা মহারাজ শ্রীচুরাচাঁন সিংহ

কে, সি, এস অ'ইবা ইং ১৯৬১ দা ব্রাহ্মণবু সেবা তৌহন্নব পীখোকখি। মতুংদা অমুক হন্না প‌ংখং অমিগী মথমাং থাবব তুংদ হায়গী লাইসংদ হমগিল্লকখি।

---

# পাখংব

ক্ষ লাইরিক মযেক অসিবু সংস্কৃত লোন্দ 'ক+ষ= ক্ষ' অহুগা চৈতে মযেক হৈবশিংনা পাখংব মযেক কৌই। মীওইবগী হকশাংদ য়া-দগী শোজ কাপ্লবদ লৈরিব মরীসি চাওরাক্লা ফুট ২২ রোম শাংই খীবোং থাউদগী মথা থংবা সক্ক পু খোইরিব লিমশাং লিনবো' অসিনি। লিনবোংসিবু ইংরেজীদা লার্জ ইনটেস্তাইন কৌই। লিনবোংগী মথেক মরি খোকই মাহ চৈতে মযেকী পাখংব মযেকা মান্নে। খোইরি লিমশাংসি ভগবান বিষ্ণুগী অনন্ত নাগগা মান্নে। বিষ্ণুনা অনন্তগী মথক্ত লৈবগুম পাখংব মযেকা মথক মক্তদা পাখংব লাইনা ফমই মিংলৈ। খোইদোদগী খুদোম ও হস্তরগ পাখংবগী পূজা তৌলৈ, পাখংব মযেক লিমবোং লিমথুপগী মও'নি।

টাইব মণু পন্থোগী স্নাপুকমিংদ লৈমারেল শিদবী উবদ কমক মীহৌ পোক্তুনা 'অ' হায়না লাউরগা লৈমরেলগী সমা-কোনস্তুদ মহী চিথরে অংচি ওইরে। পন্থোগী কম্‌পীদা মহীক

মিয়ুং অয়ুরোম য়াওই ম'হুগী মমুংদ য়াইবি ওইবদি অমত'মি পলেমগী লৈ শাংপদ পূমশি চুম্লদা লৈরিক চাম্মরি থোকই, সমামহীবু পম্বদি থরতনি। লৈমারেম্না সমামহী পম্নগা টাইব'গী থবাই পামব ওই, পম্মোদগী শিন্থরকপ সমা'মহীগী শাদোং ওইব মহীহুবু ইংরেজীদ sperm (স্পারম) কৌনৈ। লৈমারেমদগী থোক্লকপ লৈরিক মফোলবু ওভম্ (ovum) কৌই। স্পারম্ অমস্থুং ওভম (অংচি অমস্থুং লেংফোল) তিম্নরগা জীব ওই; জীবহুনা মাউয়ুম (uterus) মমুংদা ঈশিং ঈবদা অঙ্কো (foetus) ওই। অস্থুম্ব মতৌসি মাইবাশিংনপাথংব লাইনিং হৌদোকথিবসি সলাই নিংথৌ চা কয়াগী ধর্ম্মাস চংখি।

হায়রিব সালাই নিংথৌশিংগী মরক্ পী ঈশ্বরবু টাইবংগী মপানি থম্মুনা নিংবদি লৈমুং লোমজা পাথংবনা পাথংব ধর্ম্ম হৌতোক্লক্লে। কক্ষ তোলোংবনা সমামহীবু সারেনদগী চিথ-রকপনি হায়হুনা টাইবংপানব মপূদি সরেমনি হায়বগী (হকচাং অথোইবনি হায়বগী) সরেন অচিব থোমখি। সরেন্দু পাথংবনে, মহাক আতিয়া গুরু শিদবনে। আতিয়া গুরু শিদবাবু ভারতকী ঋষিশিংনা বিষ্ণু কৌনৈ। বিষ্ণুগী পাম্মোম মরীদি মাইকৈ মরীনি মোইবুংনা মথোমনি, টাইবংগী কোয়না লৈরিবা চংপনা চক্রনি অতিংকোক্ গুরুশিদববু সংস্কৃত লোন্দ ব্রহ্ম কৌই। অতিংকোক্ আতিয়া পোকই, আতিয়াদা চাহুনা লৈরা মুংশিংপু আতিংগা কৌনৈ। ব্রহ্মদগী আতিয়ামচিংব ওইরি, ব্রহ্মবু মৈতৈনা

মৈ কৌনৈ। সংস্কৃত লোন্দসু 'ম কার' ব্রহ্ম উচ্যতে হায়রৈ। থাংচিং টাইবং কোইরেম লাইনে, হায়বদি ব্রহ্মাণ্ড মপুনে।

আথাংব অ তিয়াবু সোয়রেম কৌই ; মুখিৎ থোক্লকপদ উবা আতিয়াগী সরুকপু সোরা কৌই। মৈতে কবিনা মুখিৎনা থোক্লকপা অদুবু ইমু সোরা ভৌরকলে হায়না তেংথানৈ। পাথংব লাইনিং চংশ নিংথৌ মভাগী মখিংদি - লৈমুং লোনজা, লিল, লিল মহা লোপাং, তাউরে ইলাই পাথংব অসিমচিংবনি। লিল পাথংবনা পাকব মতমদা মৈরবাক্ত মথারোমদগী কুকি থাদো ম্রাম্রা কারকখি লিল নিংথৌনা মখোয়বু তত্তনা হাংখি। সংস্কৃতকী পুরাণ লেংব-শিংনা মখোয়বু অসুর দৈত্য কৌই। পাতালদগী হায়বদি লৈথাদগী লাকই হায়বগুম্ব কুকি থাদোনচিংব কয়ানা শান প্রদেশদগী মৈরবাক্ত চংলকপবু অসুরনা পাতালদগী লাকপনি হায়রৈ। বাসি "দ থাদো" কৌব মিষ্টর সোমা ইরম লাইরিক্তসু উবা ফংবিপনি। কবুই, তাংখুল, মরিংমচিংব চৌংমীবু মাপ কৌনৈ। মৈতৈবু লাই অমদি দেব কৌই। লাই কাংবু অসিবু সংস্কৃত লোন্দ দেবতা কৌই। দৈত্য, দানব, নাগ, দেবতা পোকখিরৈ লাংবুমু মণিপুরগী বারীনি। থাদোনাচিংবা দৈত্য কাংবুনা সুগুমু তুরেন মরিলদা তত্তনা লাকপা খিংনবা লাইগী নিংথৌগী মচা ইবুঙো বাংব্রেমা মথারোমগী লৈপাক ভাকপা (রাজ্যপাল) ওইনা চংখি, অদুবু বাংব্রেমা চান্দেল নিংভোন লোহুনা চৌংখিশিংবু খুত্তাহনখি। বাংব্রেমগী কোম্মুংহু ঈশিংনা কোয়না থংতুনা শাথি অদুদগী

ইবুঙোবু ঈশিংগী লাই বরুণনিস্থ হায়রৈ। মথ রোমদ লৈবদগী অশিবগী লাই যম নিংথৌনি হায়রৈ।

লিল্ নিংথৌনা ভগবান সনামহীনি টাইবংপানগী মথা পাখংবগী অপিকপ মওংনি হায়থি। আতিয়া গুরুবু পিকশিনা নিংবাবু সনামহী কৌই। বিষ্ণুবু পিক্রা নিংলগা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা-গুম্বনি। ভগবান সনামহী ভারতকী পুরাণকারশিংগী শ্রীকৃষ্ণমক্কি। মৈতৈগী পাখংগ কিরাল লিন য়েকপ অহু লিন মত্তে পুক্কী মনুংগী থোইরি লিনশাংনি, পাখংবগী মুর্ত্তি মৈতে। য়েংথোয় পাখংব লাংলি কোনমায় হাপতে। লিন মসা অঙকপা উরগা পাখংব থোক্কে হ মখহ লিন অহুবু মত্তে, পাখংব লিন মত্তে, ব্রহ্মনি। থায়নগী লিন নিংথৌনা টাইবংগী মপা আতিয়া কুরু শিদবাব থানিং মিংকোন সক্লনা (তপঃ তৌহুনা) কৌবরুগী চীংগুক্ত রাখনসি ল স্থ ফংথি, হায়বদগী চাংদোন;মতোনবু ঈশ্বরবু কোঅনবগী মক্ক ওইব মকমনি হায়রুনা কৌবক্ক কৌথি, চাংদোন অসিবু সুমেরুস্থ কৌই। লাইনিংব মতমদস্থ নাতোন মতোন য়েংলগা নীংগনি হায়বদগী নাতোনগী মতোনবু স্থ সুমেরু কৌই। পাখংব ধর্ম্ম চৎপ নিংথৌশিংগী মখিং মথাদ পাখংব য়ারা (শব্দ) সি হাপরৈ, মাগদি—লিল পাখংব, থাজ পাখংব, সেন্ত্রেং পাখংব, ভাউরোই লাই পাখংব, অনন্ত নাগবুস্থ মৈতৈনা ভাউরোই·লাই থোনি।

মৈতৈ শিদগুং (ঋষি) শিংনা পাখংব অমস্থং সনামহীগী মরমদা য়ারী লীহুনা পাখংব লাইনি ছত্তোকনবা কম লাক্রুথি।

বিষ্ণু মত্রগা নারায়ণনা তোংলিব অনন্তনাগ তাউরোই লাইনি। নোংদা লইরেন পখংবাবু পুন্দুনা চংলম্ব মিংথৌ অহুগী মমিংন্দু তাউরোই লাই কৌই। মৈতৈনা সনাহল কোনজিন ভুখক অহুগ মচা অতোনবাবু কোনজ্রিন ভুথোকপ কৌনৈ। কোনজিন ভুথবগী অর্থদি মক্কুওইব মহৌ (সার তত্ত্ব) লোমা থম্ব অহুবুনি. অহুগা কোনজিন ভুথোকপাগী অর্থনা সার তত্ত্ব প্রকাশক হায়বদি কোন-জিন অহু ফোংদোকপ হায়বনি মতমসিদা সনামহীগা সনাতোন পাথংবগী আতিয়াগী মথোঙ কোয়ব রারী লিখি। সনাহলনা কোনজিন অহু তাকথোকখিদে. গুরুগী খোজাল লৈবা মীভনা কোনজিন ভুথোকপনা লৈমারেন শিদবীবু গুরু ওইনা লৌদুনা ইবুঙোবু থঙখি। মপা পাখংববু থঙই হায়বদগী কোনজিন ভুথোকপনা পাখংব মিংথোল ফংই। অহুগা বারী অমদনা লোংথৌ ভুরেন্দ কুরু শিদবনা মণ অশিব ওইনা তাউরকপাবু কোনজিন ভুথবনা তাকখিদে. অহুগা কোনজ্রিন ভুথোকপনা অশিব মতে শুরুনি হায়দুনা মালেং অসিবু গুরু শিদবনি হায়দুনা য়েক সালাই তরেংনা য়েনদুনা চাবিবগী রারী লায়খি। ইমা লৈমারেন শিদবীনা পৃথিবীমচিংবাসি মণ অশিবগা চাংদমদুনা হায়খি। জীবগী হকচাং পুথমক পাখংবনি; উগী মপা উমি, মীগী মপা মীমি, উচেকী মপা উচেকনি. পুথমক অ'সগী হকচাংসি সরেণ অমদগী চিথরকপনি। টাইবং মপুদি পাখংবনি। হে টাইবং, লাই ওইনিংলবদি গুরুশিদবাবু পাখংব কৌজো সরেণ অহুবু শিদ-উপাল পাখংব কৌই। পুথমকী মপানি হায়দুনা আতিয়া কুরু

শিদবাবু পাখংব কৌই ; শিদ-উপাল অহূ ইবুঙো মাহাকনি, ইবুঙো মাহাকপু মী ওইনা খঙহনা পাংম্বী ওইনা খঙজে হায়বদগী পাখঙব থিংথোল থোকই। টাইবং পানবদ থিংখো ওইনা লৈরিবা উ-বা, শা-উচেক, তীন-কাং, মী পুম্নমক পাখংবগী মচানি পাখংব ওাতনি। অমনা মপা খঙববু পাখংব কৌই।

লৈরম জীব নাইরিঙ অমদি পাখংবগী থোক্কুম লাবর ইপানা ঐবু পোকই, ইপাবু ইপুনা পোকই, ইপুবু ইপুখোনা পোকই, মাহু খাক্লবম্ব ঐনা ইচা পোকই, ইচানা ইও পোকই, অসিদি উরবা খুদম্নি। মওম অহুনা জীবশিংগী মপাদি আতিয়া কুরু শিদবনি, ইবুঙোবু পাখংবম্ব কৌই। আতিয়া কুরু শিদবদগী তাউরোই লাইনা উমহুনা টাইবং ( জীব ) গী য়াইবি পূরকই য়াইবি অহু সনামহীনি, অংচিনি, কোমজিম ভুখবনি অশীবনি, সনাহলনি, ইশিং চাইবনে মমিং য়ামই। ঐ ( অই ) হায়বহু স্ব মানে ; হে টাইবংমী মতোমদ মপা পাখংবগী মচানি খমজো পাখংব ওইব মথেক্ত টাবনি। টাইবংগী হকচাংনা পাখংবনে, থবাই-বিনা সনামহীনে, সনামহীনা য়াইবিনে, গুরুশিদবনা য়াইবিরেমনে। হকচাংগী মরু ওইবদি সনামহীনে, মরম অহুনা হকচাং পাখংবগী মরাম্বদি সনামহীনে। সনামহীদি আতিয়া গুরুশিদবগী পিশক পিকশিনব গুরু শিদব মচানে, কোমজিম পুম্নমক ভুখহুনা লৈবদা কোমজিম ভুখব পাখংবনে।

হিন্দু পুরাণকারগী শ্রীকৃষ্ণনা সনামহীনে, অর্জুনদি জীবগী হকচাংনে। সনামহীনা হকচাং পাখংবাবু লমজিংবগুম শ্রীকৃষ্ণ

সনামহীনা হকচাং অর্জ্জুনবু রথ থোরহুনা টাইবং লানকমদা লান থেংহনি। মৈতৈগী উপাকবিনা অসুম্ন সকখি :—

হা নিংথৌ ভূকাওব
কয়ম কাওব মকাওবো ?
কুরুক্ কুরুক্ খঙলে কে।

মতাং অসিবু কনাগুম্বনা হা নিংথৌ ভূকাউব কয়ম কাউব মকাউনো অসুমমন্ম সক্লে। বাঙ্গালী কবি রবিন্দ্রনাথঠাকুরনা অসুমন হায়খি :—

হে পার্থের চীর সারথি।
ঘর্ঘরিত তব রথ চক্রে॥

হে অর্জ্জুনগী লৌরব সাথোব নংগী রথগী থোনজেম ঘর ঘর লাউবহু তারি।

মৈতৈরোন অমসুং বঙ্গলাগী সৈরে' অনিথক থমোয়দা মিহুল চোংবগী ঘর ঘর লাউবহুবু হায়বনি। মৈতৈগীনা কুরুক্ কুরুক্ লাউই হায়বনি। নিংথৌ হায়বদ সনামহীবু হায়বা; নিংদোল্দ থৌরিবনি, মতাংসি পারগা মীওইবগী হকচাংনা পাথ'নি, সনামহীনা কৃষ্ণনি হায়বা তাকনি।

সনামহীবু টাইবংগী য়াইবি অমদি জীব-শক্তিনি হায়হুনা উরগ উপা কবিনা হায়রম্বহু শ্রীচারাইরোংব মহারাজগী মতমদা বাকপ-চা অমনা ইখি :—

"লিক্লাই মন্নুনা ছুনবদি হৌদে।
মুকাকদৈ মরুনা ছুনবদি মহৌই॥

হিরা ( Diamond ) বু মৈতৈনা লিক্লাই কৌবৈ, হিরাগী ফনা ফজনুনবসু মাগী থবোয়দ মথবাই লৈতবনা লৈপাক্ত ছুনবসু থারবসু হৌদে, মথবাই লৈবা মুকাকদৈদি ফজন্নবসু থাবদ হৌই। অদুনা হে মীওইব! টাইবংমপু সনামহীবু ওথোয় মনুংদ থামজো, থবজো, মহাকসু মুকাকদৈ মরু ওইরবসু হৌগনি। সনা মহী'দ গুরুশিদবদগী থোক্লকপ মরনি, অচংবা অর্মদি কোমজিন ছুথবনি আতিয়া গুরুশিদবনা লৈমারেনবু শিন্নরগা হায়খি:- পারি ইবুঙো। লৈমারেন শিদবী মঙোন্দ শিন্নরবনি। সনামহী করি বাবো হায়দুনা ঙকচানরবদ গুরুশিদবনা তাকাপিখি, -মসে অই ( অহং ) নে, অই (ঐ স্ব মংবে। মপাল মাইদব বিরাট মূর্তিবু শ্রীকৃষ্ণনা উৎপদ অর্জুননা কিরদুনা হায়নরবদা অমুক হন্ন শ্রীকৃষ্ণ ওইনা মনাই আর্জুনদা উৎপিখিবগুমনি। সনামহীসি কয়া চাউবনো থওনবা মৈতৈগী লাইরিক ইবুঙো আসিদগী টাইবংপানবগী পোইবৈ ( পৃথিবী ) গী পোৎপুমনমক থোকখি হায়দুনা উৎখি। টাইবংগী ঙকচাংবু পাথংব কৌই, টাইবং লৈপাক অসিগী মপুনি, লৈমরেন শিদবীগী মচানি মৈ, ঈশিং, নুংশিং ভরং, লৈপাক পোৎলম মংঙানা শাবা লৈপাক লৈমাগী মাচ্চানি। ভগবান সনামহীদি গুরুশিদবগী আপিকপ মওংনি অদুনা গুরু-শিদব মচ্চা কৌই। টাইবংগী মপা সরেন পাথংব ( বিরাট ) মূর্তিগী অপিকপ মওংনি, শ্রীকৃষ্ণমকনি। মহাভারতকী কৃষ্ণদি

শিব নাইশি, মৈতেগী সমাজদা কৃষ্ণ অসিদি শিব অমসুং পোকপ লৈতব পাখংবগী পিকশিন্ন লৈব মিতম্নে।

গাতাগা অর্জ্জুন মাওইবগী হকচাং পাখংবনে

## সেন্দ্রেং পাখংব

সেন্দ্রেংগী অর্থ তরেংগুম্ লৈব শেন্ মকোয় মানব মুন্সিংপু খঙ্গনে। পাখংব লাইনিং চৎপ শিংথো তাংশাংবনা কোনফু লৈফু কৌবা লৈ হুমা নিথৌ কে নসে রেন পাখংব পোকখি। কোনসো-রেন্না, লাইরেক-লাইখুং চপ্প পামহনা সেন্দ্রেং অমসুং কুপত্রেং পোকখি। কোনসোরেনবু মহৈথৎদ বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপ কবি করাম্না পাণ্ডবকী অর্জ্জুননি হায়জিনশি অহনগা লাইরেক লাইখুং চম্বু চিত্রাঙ্গদানি অস্তুম বর্ণনা তৌবা থেংনৈ।

মহাভারতমচি ব পুরাণদা থায়নজেদ সুপীশিংসি নিপালিংগী অরেপ্পা মরল ওইরমদে। নিপা অমা লাকুগা নিপা অমগী মনাক্তা লৈরগী মুপী অমবু মাহাকী অপাম্ব থুংনবা পুক্না হেক চংলি সুপী অহুগা লৈমিন্নরগ্ন মী অহুমক্সু খক শাউরমদে। মৌনা লাকপ নিপা অহুনা মাগী পাম্বৈ পেনগা সুপীমুক্সু থনশী; লৈরমলিবী অহুনা মচাগা লোয়নন্না লৈহৌব মুপা অহুগী মতক্ত অহুম্মক লৈহৌই, মত্রপা মকোলবগী অহুগা চংশিনখিবসু মাওরগী।

খাসিয়া জয়ন্তিয়াগী মুপীশিংগীন্তু মচ্চাহু মপাগী শাগৈ মচুং ইন্দে. মখ্যাগী শাগৈ মচুং ইমৈ। মৈতৈগী মৈ হৌরোন্ হায়বদি ব্রহ্ম উপাসনা হৌরবা মতমদন্তু মুপীগী মমিং ইরগা মচাগী মমিং ইমৈ। মৈতৈগী মৈহৌরোণ ইরকপসি কুইরে হায়বগী পান্দম অসিনন্তু খঙৈ। কোনসৌরেনসি পাণ্ডবকী অর্জ্জুন মন্তে পাখংব লাইনিং-লৌব নিংথৌ অমনি সেন্দ্রেংগী মচ্চা-মগুনা মুমিৎকী শাগৈ নিংথৌচা ওইখি, থাবু কুপত্রেং কৌমৈ, অহুদগী কুপত্রেংগী শাগৈবু চন্দ্রবংশ অংঙোম্ কৌমৈ কুপত্রেংগী অর্থদি মতম খর খর অমম্বনা কুপ্তু্না ওমহুনা তরংদা লৈববু খংবৈ। সংস্কৃত লোন্দ কুমুদিনী পতি অমদি চন্দ্র অম্বুমন্তু কৌমৈ।

নিংথৌচাগী নিংথৌ সেন্দ্রেংনা অহুমন্তু, অরৈন্তু, ইমচাও লৈমা মোংখা মোংখম লেমবী, য়াবিরোকনচিংব মিং কয়ানা লৈতেংলবী মহারাণী সন্দ্রেগী পান্নহুনা নিংথেম কৌব মচা ইবুঙো অমা পোকখি। মৈতৈনা নিংথেম অসিবু মোংভা লাইরেন পাখংব মিংথোন পিখি। মোংভা লাইরেন পাখংবগী মখ্যা ইবেথ্মা ইমচাও লৈমাবু সন্দ্রেথীন্তু কৌমৈ। ম হুদগী থুনম্নুং বারী সন্দ্রেথী চৈশ্রা থোকখি।

মৈতৈ লোনগী তাঙরোই-লাইবু অর্থ অমনা অনন্ত-নাগ কৌই, বিষ্ণুগী শাদোং লিন অহুগা চাংদমনৈ। তাঙরোই-লাইবু ভাউরোই-লাইন্তু কৌই। পাখংব ধম্ম চৎপা খাইহিরেন,লাইহিরেন নিংথৌশিং মতম অ-দ পানখিব নিংথৌ মংভাগী মমিংনি, মথোয়বু পিনাই-মুখ নিংথৌ কৌমৈ, মথোয়গী মখ্যা মসক খঙনখিদে। অকোনবগী

অনন্ত নাগগা অর্থ মানব তাউরোই লাই নত্রগা তাউরোইনাইনা নিংথেম পাখংববু পুন্ননা চী'দ কান্ননা যুনিং কথানিমুক থমখি। মান্নব লাইশিংদবনা পূন্নবিবনি, অমুক তাউরোইনাইনা পুথ-হন্নকপনি মো'দোঙগী তারকপনি হায়দ্‌না নিংথেম পাখংববু নো'ঙা লাইরেন পাখংব মিংথোল পিখি।

নিংথেম পাখংবনা পাখংব ধর্মবু অম্নুক চাওখংহনখি,— মাবু লাই পাখংবমকনি থন্নখি। মাহাক অসি খৃঃ মাং ৯১-৯। অদ্‌ বাইদ পান্নখিব নিংথৌনি হায়দ্‌না মাবদ উপগন্ত পুরাণবু অন্নুবাদ তৌরম্বা শ্রীতোনাব মানিকানা ইবগী মচুং ইম্না ইরি।

---

## জগৎ প্রভু পাখংবগী অবতার

মৈতৈনা জগৎপু টাইবংপান, ব্রহ্মাণ্ডবু টাইবং কোয়রেণ কৌই। বিষ্ণুগী অবতারদি শ্রীকৃষ্ণনি হায়বগুম, টাইবংপানগী ২পা বিষ্ণু ওইরিব আতিয়া কোয়রেণবু মৈতৈনা পাখংব কৌনৈ। আতিয়া গুরুশিদবদি পাখংবনে, পাখংবগী শাদোংদি ঐখোয়না উক্তরিব টাইবং অসিবু তাউরোই-নাই অমদি অনন্ত-নাগ কৌই। সন্নেং ( নুমিং ) কী মঙান মাশাবু তাউরোই-নাই কৌননে। অতিয়া গুরুগী শাদোংনে। আতিয়া গুরু পাখংববু তাউরোই লাইনা য়েক্কম মওং মান্না উবহুনা পিরৈ হায়বহ্‌ অসিনে।

বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপশিংনা গুরুগী খোঙ্গাল লৈত্রবদি ঈশ্বরবু ফংব ওৎদে হায়বাহু খণ্ডনবা কোনজিনচুংব অমম্বুং তুযোকপনা নোংখোঙ কোয়বগী বারী লৌরগা ইমা লেমারেন শিদবীনা কোনজিন তুথোকপগী মকমদ গুরুগী কানখোং কোঙ্গউ তাকপিহুনা পাখংব মিংথোল কংহনখি। ভারতকী বৈষ্ণবশিংনা মাহুবু শ্রীমাত রাধিকাগী থৌজাল মত্রবদি শ্রীকৃষ্ণ ফংদে হায়হুমা তাকাপ, শ্রীরাধিকা দেবী ইমা লৈমারেন শিদবীনি। মতাংসি শম্মা হায়-রবদা ঐখোয়গী হকচাং অমম্বুং পোটরে (পৃথিবী) অাসবু খল্লগা ঈশ্বরগী মরম খণ্ডবা অহুগা মীওইবগী হকচা বুনা পৃথিবীগা চাংদমনবনে, হকচাং পৃথিবীগী পিক্লবা মওংনে।

মীওইবগী হকচাংসি ঈগী মতুম (Bodily cell) শিংমশ (Tissue) পুল্লগা ওই। উমশা মথক্ক মহৌক মনাই (স্ট্রেপতো কোকস) মাচিংবানা লৈমাই থক্ক মী, শা, উচেক তৌল কাওনা লৈবগুম লৈরি। মীওইবগী মত্রগা আতৈ শা উচেক তৌলগী হকচাংস্থু পৃথিবী মচ্চা অমমম্নি অহুগী মন্নুংদ হিংনব পাজল (জীবনী শক্তি) অমা লৈ মাহুবু সনামহী নত্রগা আত্মা কৌই, অহুগা হকচাং খুদিং অহু মালেম অমমমনি, সনামহীমা পাখংব মচ্চা অমমম্নি। য়াইবি খুদিং অহিংগী লিক্লাগী মতৌগুম টাইবং মপুগী মচ্চা সনামহীনি। হকচাং খুদিংমক্ক মপাগী মসক তাক্লি, পাখংবনে, ঈশ্বরহু পাখংব কৌই, জীবশিংগী হকচাংস্থু পাখংবগী অবতারনে, পাখংবনা পাখংব পোকই, অহুনা মৈতৈ লাই মচানে হায়নৈ।

হে মীওইবা আতিয়া গুরুশিদবাবু ইপানি নিংথৌ মাহাক পাথংবনি। মপা নিংব মচা লেপ্পা মাংগদে। শ্রীকৃষ্ণবু ইপা পাথংব নত্রবে! মনাইনি খনগনু, ইপানি, পাথংবনি খল্লু।

পোইরৈতোন : মৈত্রবাক্ত পোইরৈতোন মিংথোল ফংব নিপা অনি লাকখি,—অমনা সেনখৈরেন পোইরৈতোন, অনিগুবনা খোংফাং পোইরৈতোন। 'পোইরৈতোন' হায়বাসিগী অর্থদি শিষ্য নত্রগা সেবক ছাত্র হায়বনি ছাত্রবু পোইরৈতোন কৌই। গুরুগা শিষ্যগা অনিগী উন্নবন হায়বদি লাইরিক তাকুফম্বুমু "গুরুসং" কৌই। গুরুসংবু আশ্রম অমদি স্কুল, লাইরিক তম্বন সং অসিমচিংবাবু খঙবৈ। মৈতৈগী কোরবেকশিংদ "হে পোইরৈতোন! অরুব বাবু হায়রবনে।" অসিমচিংব ইরি। মাহুগী অর্থাদ "হে শিষ্য! অথুপ্পা বাবু হায়রবনে" হায়বনে।

নিংথৌম পাথংবগী মতমদা খোংফাং পোইরৈতোন লাকখি। কনাগুম্বনদি পৃথিবীদ কোম লাকপ হায়বদি নোংমা পোক্লকপা মাহা ওইরিবা অঙাংবুসু পোইরৈতোন কৌই। পোইরৈতোন থুপ্লোকপদ ইরিব পোইরৈতোন অসি চাইনিজ নত্রগা ব্রহ্মাগী মী ওইবগী মতৌম্নু মাল্লি, অহুপা ধর্মগী মরম তমলিবা মীমু ওইনা তৌই। ঐখোয়না পজাদা থাথনরিব 'ফুল' কৌব সড়ু অসি লৈ (পুষ্প) গী মওং মাল্লি মৈতৈলোন্দ মাসিবু লুম্থাংথৌ কৌই। মিংন্নুম অনিগী মরকসিবু মৈতৈনা গুরু শিষ্য উন্নকম্নি হায়নুনা গুরুসং কৌই। মিংন্নুম অনিগী মরক অসি গুরুসং অমদি

ওক্লসংনি। ঈশ্বরবু খাল তৌব মতমদ অসিদ বাখল থমচনা মিংয়েংনা ম'তোম মতোম য়েংলগা মিং-নহামুক চাউনা সনামহীবু বাথনা শারগা খোইজিখায় পাখংব ভগবানবু থমচনা . মংগী মংগী পুনসি নিচনা তাককদনা ( অবায় ) লাইনিংথৌ সনামহৌ পাখংববু নিংজৌ।

মপাল মাইদব আতিয়া গুরুশিদববু পিরুব মিংনাহাগী মসক ওইনা পুশিন্নগা অহিং-মুংথিল নিংজৌ, ইবুঙোগী খানিং মিংকোম শোমজৌ। খাংনিং মিংকোমগী অর্থ তপসানি।

করিগুম্ব লাইরিক পোইরৈতোমগী মচন মুপীবু লাইশ্রা শাচনা পাখংবগী মকমদ কংলে হায়রি, করিগুম্ব মফম অমদানা থীবারেন্না খুমিংলোমদ কাওরক্লুনা মাগী মুংগী লাইখুরেম্বীবু লাইশ্রা অমদি লাইসনা শাচনা পাখংবদ কংলে। অচুগা পোইরৈতোম খুম্বোকপদ অমুকত্তু ইরি. মুংথিলদ লাইখুরেম্বীবু লোইরেন্দ ইবুঙো পাখংবগী লৈমারেল ওইচনা পান্নে, অহিং অহিংদ লাইসরাগা পান্নে। অওকপ কজরব বারিনে। থোপকী মমুংদ অখুবদ লৈরবী নিংশিংব কৌবী বাখল লাইখুরেম্বীনি, জীবগী হক-শাংগা লৈমিন্নরবী, অহিংদ তুম্নবদ শোরতনা ( স্নোরনা ) শারা শারা লাউচনা নিংসিংব লৈতনা হিংলি হায়বীচ লাইশারানি, মাগী হকচাং পাখংবগা পান্নরি। মৈতৈগী মুনিশিংগী পাউতাক অওকপা বারেংনি, কোমজিন ভুথচনা থম্নবনি, হে কোমজিন ভুথোকপা পাখংব : „কোমজিন ( রহস্য নত্রগা তত্ত্ব ) অসি কোংতোক্লুনা, "অই ( ঐ ) কমানো মথন্তা হংজৌ" জ্ঞানদি

লাইখুরেম্বীনি, সাধারণ বুদ্ধিদি লাইশ্রানি। গুরুশিদব পাখংবাবু খঙবা ঙমজগনি, পাখংবদি ত্রজগী কাহ্নাইনি, অযোধ্যা রামনি। হে মীওইব! কাউগনু, নৈমারেম শিদবী ইমাবু গুরু ওইনা খন্দুনা ভগবান পাখংব কাউগনু। বিশ্ববিদ্যালয়দি ওক্সংনি, ছাত্রনা পোইরৈতোননি। হে পোইরৈতোন। খিজিন্ন্ মৈতৈ ওইও। পাখংব ভগবানদি ব্রহ্মনি, আতিয়া কোইরেমনি ব্রহ্মবু মৈ কোই, মৈ খঙবাবু ব্রহ্মজ্ঞ কোই,— ব্রহ্মজ্ঞদি পোইরৈতোননি। পাখংব ধর্ম্ম অথোইব লাইনিংনি। ঈশ্বরদা ইচম চম্না চঙজব মনাইনি খনবা, চাম্নব মরূপ, ইবুঙোবু মচানি খনব মচিন মনাওনি, ইপুরোইবনি খনবাসি হিন্দু ধর্ম্মদা নৈ—মৈতৈ ধর্ম্মদা ঈশ্বরবু মপানি হায়জরি টাইবং মপুদি পাখংবনি, পাখংববু ইপানি খলবাদি, লাইনা লাই পোকই মীহু পাখংব ওই। শাগী মচাদি শানি, উগী মচাদি উনি টাইবং মপু পাখংবগী মচাদি পাখংবনি,। হে মীওইব! ইপা ইবুঙো পাখংবগী মশ্মি সনা-মহীদি নিংনকখনি নংগী য়াইবিনি আত্মানি তাককদবা হায়বদি মাঙফদবা লাইনি।

---

# মৈতৈ

পাখংব নিংবসি মৈতৈগী অওনব অমনি। ব্রহ্মাবু মৈ কৌনৈ, গুরুশিদবগী মখিদা মৈ, ঈশিং মনিল (মুংশিং) ভড়ং লৈপাক চারি মংডা শীজিনহুনা অসোবনা মী শাখি, অহূদগী মিদ তৌহুনা শাখি খওবাবু মৈতৈ কৌই, কাংবা কাংখনগী মচ্চা মৈতৈ মালপীনা হান্না পাখংব ধর্ম লৌখি, অহুমশু মৈতৈ মান-মগী মচাশিংবু মৈতৈ কৌনৈ, গুরুগী মসক পাখংবদগী পোংথোকপ সককমনি হায়হুনা টাইবং মীবু মমু পোংবশু কৌনৈ, অহানব মীদি মমু পোংবানে। অহানবা মুমশাদি শা+অহম=শম নে, শা+অকোনব=শাকোননে, শা+অমুব=শামু লই (লৈ) অহানব লইবি, উ অহনদি উহম, হৈ অহানব হৈবি, লই অকোনবনা কোনপিরে অসি খৈবিকপু মৈতৈনা চৈরাওবদ লৈ (লই) সিং অসি কৎনৈ, কুবির হৈনি হায়হুম হৈক্রু; নিংবগী পাজল কলহৱি হায়বদগী হৈমিং লুহোংবদ কৎনৈ, লৈশং খেকু বাইবাবু লাইরিক ময়েক হৌদোক্রম অমশুং কোয়ী হৌদোক্রম লাইনিংথৌ সোরারেনগী মচ্চাবু খোয়িফাব নিংসিংনব অপোকপগী পোং কৎনবদ হাপনৈ।

থাংব কমা লাইগী মমিং মিংকোন শোনববু সংস্কৃত লোন্দ তপস্যা কৌই, মৈতৈনা তপঃবু থাংনিং মিকোল সকপা কৌনৈ। পুরাণদ ব্রহ্মাদ গুরুশিদবনা মাবু খওগে হায়রবদি–তপঃ তৌ হায়বাহু থাংনিং মিংকোল শোন্নু হায়বনে।

শা উচেক লোয়নরিবা শায়োই ঙায়োই চহিগী অয়োয়বদ খুম্বোং লাংপাবু শায়োই থাংব কৌই ; মাসিবু সংস্কৃত লোন্দ জীব যজ্ঞ কৌই। শায়োই ঙায়োইবু সংস্কৃত লোন্দ 'গণ" কৌই। মহাদেব অমস্নুং দুর্গাগী গণ অহু শ্যায়োই ঙায়োইনি। ঐখোয়গী অকোয়বদ লৈরিব শা-ঙাদ দান তৌবানি। মথল কয়াগী বারি 'লৌহুনা হেনজূ মহাগী বারী লৌহুনা শায়োই থাংনবা কিহনবিরম্মী, মরম অসিনচিংব লৈবদগী মৈতৈ অসি 'ঋগ বেদগী দেবতাশিংনি হায়ব থঙৈ, কৈদোঙৈদস্থ চীংমী অমস্নুং ফিজেংতব খুনগী মী মত্তে লাই মচ্চানে। ব্রহ্ম উপাসনা তৌবা জাতনে, লাইগী মচা লাইনে।

---

# লিল্ পাথংব

লিল্ পাথংব কৌব নিংথৌমা, পাথংগ ধর্ম্ম ছস্তোকপগী বা হাঁয়ব্রে। অহুগা মৈয়ামা মমৈবু চিকপা লাইরেন লিল জাত অমা মণিপুরদা লৈ। কলিকতাগী শায়োকসংদস্থ মকোক্ অনি পানব লিন লৈ, মণিপুরদস্থ মকোক্ অনি পানবা, মকোক মঙা পানব লিন (মাপী) জাত লৈ। লিনশিংসি লৈপাক অসিগী থবক অমা থোক্রুমদাইদ হেক হেক উংলি, লিন অশেংবনিমা অহুগুম লিন-শিংসি প্রকৃতিগী অঙকপ থর লৈ, অহুনা মীনা লিন অসিবু থোক্রবদি পাথংব থোকলে হায়নৈ। কন্নিগুম মতমদ লিন অসিগী

ময়েক মানব মসকম্ন ঈশিংদ উৎপন্ন থেংনৈ। লিন অসিবু হাংলগা থম্বদ মহোশানা লিনগী মথৈদি মসাহু ৭/৮ থোক্ক করুবম্ন লেঙ্হনা লৈ. মতৌ অহুগুম পাখংব লিন অসি কক্থংলবম্ন মথৈহু লেংচনা লেঙহনা মতেকশিং অহু হেক সমজিন্নগা হিংহনা চৎখি ; মরম অমদগী "নৈ-মা রাঈনা তাংনা শম্না পানবা" হায়ব পাউরৌসি থোকই। অহুগা মীওইবগী থোপ্তগী হৌরগা থোইরিন্ লিনশাং লিংবোং ( large intestine ) অসি লিনগী মওংকম য়েক্লশিন্ন পাখ বগী ময়েকনিম্ন হায়হনা পূজা তৌনৈ। অহুগা লাই পাখংব ( ব্রহ্ম ) বু হারাওব মতমদদি কোনমাঈমচিংব মূর্ত্তি শাহনা হরাও-মদে লিন্ ওইমম্ন লাংমদে। মৈকোম ফুরিৎ ইমফি, খুদানচিংব কৎনৈ, কোনমায় শাহনা হারাওমদে। মৈতৈগী লাই হারাওবদি হৌজিক মতমগী "জয়ন্তি" হায়বচগুম্বনি। মী অচৌব মীশিং অমম্নং ফুরিৎ-থা, মহাদেব পাখংবাবু লাংহনা পূজা তৌবাবু হরাওব কৌই, মহু জয়ন্তি কায়বাচনি। থাংচী পাইবু কোঈরেন লাই কৌনৈ ব্রহ্মাণ্ড পতি হায়বনি. য়েংখোম শাগৈদি নিংথৌচাগী পাখংব সালাইগী শকোকনি মখোয়ন পাখংব হারাওবদি মূর্ত্তি শাদে। মোংদা লাইরেন নিংথেম পাখংবাদি সন্রেংগী চায়া মাউ-ভয়ি অহুনা নিংথৌচা সালাইসি সূর্য্যবংশনি হায়নৈ, অহুগা কুপস্রেংগী মচা মওনি অঙোম্বু চন্দ্রবংশ কৌনৈ, মরমদি লোইতাম থাগী মমিং অমা কুপস্রেং কৌই।

লিন মওং মানব পাখংবাবু টাউরো-ইলাইম্ন কৌনৈ, গুরু-শিদব পাখংবগী শাদোংনি থনৈ। বিষ্ণুনা অনন্ত-নাগগী মথক্

তোংহুন্না হিগুনা লৈ, অহুগুমহুন্না ভগবাস পাথংবদি টাওরোই-মাইগী মথক্তি তাংহুনা লৈ. অহুদগী অওকপ লিন্ মখলশিং অহুবু টাউরোই-লাইমকনি থওবৈ। অহুদগী মহারাজ ৺শ্রীচূড়াচাঁদ হাক্তক্তা লিন মওং য়েকপ ফিরাম হোদোকখি।

---

# মৈরিং

মৈরিং কোব লমদমসি তিবং দেশগী পাম্বির মালভূমি (platue) দা লৈব মফম অমগী মমিংনি। মিংথৌ সেম্রেংনা মফম অহুদ খ্বাই মুংচেংপম পীঃবা নমু হাওতোংল্যংনা লাম হৌরকপদ মফম অহুদ মচা ইবুঙো মিংথেমগা মতম খর লৈখি, মমৈদ অহুদগী মৈরিংদ মিংথেম্বু থনম্নগা মৈত্রবাক্ত লাকখি। মিংথেম পাথংবনা পাম্বিরগী মৈরিংদগী লাক্লগা উখ্রুলগী মৈরিংদ মতম খর লৈখি; অহুদগী মার্চিং চৌংগী মমাক্ত লৈব তরেৎ খুনগী মমাকী মৈরিংদ লাক্লনা পোই থরগা লোয়নমা কংলৈপাকপু অমুক লোয়না মিংথৌ ওইখি। অরাম্বমনা অমম্নং অশাংবম্না থৌগম তৌরগা মেম ৽ত্ৰগা ফম্লা তোংখি। মিংথেম্বু নোংতা লাইরেন পাথংব মিংথোল পিখি, মতম অহুদ থাবারেম্না মাগী মুপা লাইখুরেম্বী পীদ্রুনা চংজখি, মমৈথংদ খোংকাংগা লোয়নরকপ লাইশ্রাবুম্ভু লৌখি। মৈতৈ অমাইবনদি লাইখুরেম্বীদি থোপকী মহুংদ লৈবী লৌশিং লাইরেম্বীনি মিংমখি; অদুগা লাইশ্রাবু

লাইসনাম্বু কৌদুনা অহিংদ খৌমাউদা হে চিব স্তৈরবু কাঁগ্রানি তাকপিরি। নিংথেম পাখংব চাউনা পানবদগী নিংথৌ হায়বা যাসিবু নিংথেম হায়নম্ব কোলোয়নখি। নিংথেম পাখংবগী মতমদা খুমন, নিংথৌচা, সারাং-লৈশাং, মোইরাংগী কবিন্দ্র যায় লৈরম্মী। কংলৈ লমগী মাইব খুন, তরেং খুন অসিনচিংবদ সালাই অমুক হন্না তরেং খাইদোকহনখি। মৈরিংবু মতম অন্নদগী নিংথেমবু পাখংবগী অহানব খুন্তামফম্নি হায়খি। পাদিরগী মৈরিং তিবং দেশগী মকম অমনি। নিংথেম পাখংবাবু অবাংবদগী কুম্নকই হায়বদগী মোংতা লাইরেম পাখংব কৌনখি। মোংতা লাইরেম পাখংবমা লিন-লাইরেম (dragon) অমা লোয়নরমই। লাইরেন অহুনা উমহুনা নিংথেম টাইবং পানদগী থুপখি। লিন অহুগী মরেক লোৌরগা লাইসনান কি খাবেন চৎপা হোৌতোকখি। মপাবুং পাখংবাবু উমহুনা চৎপা লাইরেন অহু মচা ইবুঙোনা হাংখি।

---

# অপোকপা

সালাই তরেংকী অপোকপ খুরমনৈ; অপোকপ যাবাসিগী অর্থদি পলেম হায়বনি। মৈতৈলোন্দ ইপাবু পম্বৌ নত্রগা য়্যেন্পা কৌই। য়্যেন পীব নিপানি হায়দুনা ইপা পম্বৌবু য়্যেন্পা দুপীবু অপোকপ কৌনৈ। বৈদিক যুগতা দুপীশিংগী অরেম্ন

মিপা লৈরমদে. মমৈথংদ লেপ্লবিবনি মরম অহুনা হূপীগী মমিংনা হায় হায়নৈ. খুদমদি রধা কৃষ্ণ সীতা রাম, সম্রেশ্বী মম্রেশ্ব অসনচিংব। মৈ:হৌরোন কৌব লাইরিক্ সি ব্রহ্ম খণ্ডব হৌব তায়বনি। মখণ্ডস্থু পদ্মপ্রে তন্নু মৈ' কৌই। কনাহুম্বনা মৈহৈরোমবু মাহোরে ন ইবা দে'নৈ, খায়ন তৈদদি "মী.হৌরোন" হায়দুনা থক ইরমদে। মৈহৌরোন হায়বদি ব্রহ্ম নিংব হৌবগী লাইরিক্লি। টাইবং মপু ইপুদো, শুক্লশিদব, টাইবং কোয়রেন লাই, থাংচাং অসিনাচিংব ভগবান পাখংবগী মিংথৈনি. ইবুঙো ম হাকপু হরে করসন. হরে রামস্থ হায়নৈ। টাওবিলোই-নাক পাখংবাদি ঐথোয় ইসাগা লোয়ন লোয়নদা পক্লহুনা লৈরি আতিয়া কুক্ল শিদব পাখংবগী মসকনি মাস অনন্ত-নাগ অমদি শেষ-নাগস্থ কৌনৈ। পাখংব হায়ব লিন্‌গী মসক ওইনা খনগদব নত্তে. ঐথোয়গী থৱাই মিবু সনামহী তন্ত্রগা কৃষ্ণস্থ কৌই। থমোইন্নুংদ চৌরিব ওবুঙো সনামহী অমাদ বিষ্ণুগী শাদোং ওইরব পিক্লবা পুকনু দ লৈরব লিন্ মালিব খিবোং লিনশাং লিনথুপ লিনবোং আস অনন্ত নাগ অমাদ টাউবি লোইনাই পাখংবনে। ভগবান পাখংবাদ লিন তত্তে মীংইবগী অমাদ লেংলি পালিব পুন্নমকী হকচাংসি পাখংবগী মচা পাখংবনে ভগবান পাখংবদি আতিয়া শুক্লশিদবনে, মহ কপু নোংচুপকী মীশীংমা বিষ্ণু কৌই

ভারতবর্ষদ ঈশ্বরবু পন্থৌ তইবা খন্নুনা নিংলম্বদি মৈতৈদনে হায়ব য়াই। ঈশ্বর হায়বদি ঈ অমস্থুং শোরগী মপু হায়বনি

মাদি খম্বনে মাদি থমনুংগী মোপানে। খোইবীদি, শ্রীমতি রাধানে —ভাংখরৈমাদি পাম্বোইবী , প্রকৃত ' নে খম্বাদি অনাম্বহীনে, থোইবীদি রাধানে পাম্বোইবীনে মীগী মসক ৎইমা নৈংতৈমা বৃন্দাবনগী লীলা খঙজিনৈদ মৈতৈনা পরকিয়া রস খঙদ্রবা খম্ব থোইবীগী অৈশে সক্করকলে। ঈশ্বরবু ইপা ওইনা নিংবিয়ু. মনাইগুম খমবিম্ব মচাগা মাচাগা মান্নবনে শ্বানা শ্ব পোকই, মণমা মণ পোকই, উমা উ পোকই, ইপাদ্ লাই পাখ বনে, ইমান্দু, পাখংবগী মচ্চানে মৈতৈবু লাই মগানে হায়বদি টাইবং মপুবু ইপা ওইনা নিংবনে। মীওইবগী হকচাংম্বু পাখংবনে। উ পাম্বগী মপাদি উনে, হে মীওইব! পাখংবদি মী ওইরোইদ্রা' ইপা পাখংবদো মী অতৈমা বিষ্ণু কৃষ্ণ, মহাদেব কৌনা নিংজরিবদো মুংশিদ্রা। মীনাইমা মপুগী মানাঙ্ক চংব দ্রাবনে, মচ্চাদি চংবা য়াবনে ইপাগী টাইব নে, ইপাবু পাখ ব কৌবনে, ইবুঙো মহাক্র উ-রা, তীল-খাং নাপী মাশোম শুমিং, থা থবানমিচাক পোকপা মপুনে টাইব দ পক্কুমা পান্নিব টাইব' পান, ইপা আতিয় কুরু শিদব, ইমা লৈপাক লৈমা পাম্বোইবী-পীনে। হে পাখংব! টাইবং মী পুম্নমক তিম্নপে খন্নবাদি ঈশ্বরবু পাখংব কৌনা নিংজৌ। ফিজেং ভোঙামগম্বু পাওলগী ফিজেং খৃষ্টানগী ফিজেং, বুদ্ধগী ফিজেং, শিখশিংগী ফিজেং থাদোকউ অমতা ওইবা (একতা) সোয়দনা ফংগনি। পৃথিবীগী চৎমব ফিজেং শেংলু. মীমাও থোকপদ মীগী মাম্নো ঐগী মাইব ভৌকমু টাইবংগী মী পুম্নমক পাখংবগী মচা পাখংবনে।

# খোই-শাবগী থৌ তৌবা

লমদে দ লৈরম্ব শ্রী অর্পোণ সিংহ এম, এল মা পুরম্ব খেইবি নমথৌ শাবগী দোষ কেংক্রবা থৌ তৌবা :—

খোই শ বদি থাগী তংনব মুমিত্ত তৌগনি তংনব মুমিংত্তি —

শজিবু, থবান, পোইন্নু—মোংমাইজিং নি খোকাব
কালেন, লাংবন, বাকচিং—ঈরাই, মুমশকৈশ
ইঙা মেরা, হৈয়েন - লৈপাকপোকপা

ইঙেন, হিয়াংগৈ লমদা শগোলশেল, থাংজা। মুমিংশিংসি ত নৈ।

খোইবি নমথৌ 'চক্ষু শাবী' মা কমাণ্ডুমগী মুম অমম্ভুং ই-খোন্দ মছুম শারবদি মুম-কৈ মাংই, মপু অহ শিব-মাব অব্রাব কংই লায়চনা চিংনৈ ; মথাইগী থৌ অসি তৌরবদি অব্রাব কংবগী মহুত্তা মুডাইবা কংনৈ। থৌ তৌবদি মথক্ক হায়ম্রিব থাগী তংনব মুমিত্ত, য়াচংবদ্ তুলসীবুং মনাক্ত য়াই তৈখোক্লগা তৌগনি। পোৎচংদি : খোইগী মছুম অহু ফি অহনব অমনা কোয়শিল্লগা থাং মচা মুহুব অমনা খোইরি অহু কক্লগা পুসীম্মুয়া থমলগী হৈকুক তাংগ, পানা তাংগ পঞ্চামৃত য়াওনা পুজা তৌগনি। লাইবাদি (মন্ত্রদি) :—

খোই মংবু সেমকপা গুরুগী মমিংদি সরৈ সকোকু কৌই। খোই মংগী মমিংদি মরিম্ন কৌই। মংবু সেমলকপ গুরুনা হংগমি, টাইবংপান্দ চংলুবাদো করি পুরকই? "গুরু। টাইবংপানবদ চংলুবদি যোগিন্দ্র মুনিন্দ্রনা ফংগদবা পঞ্চামৃত পুরকই। অদুদি মখোয়দি করি পীরমই? ঐখোয়না যন্ন মকোম হেলবা শেলমা শেলপাও ময়েল থমব, ফৌমা ফেকোং থকব ঐখোয় ইচাইশ লৈরিক-লৈরাক থলব অসিগুমন স্নকমু থলমা পায় পীরমই। স্নকমু থলমা লৈরিক লৈরাক থলমা পানজপে লায়া থলব মখোয় চংশ্রো পঞ্চামৃত অ স পুশ্রো"

অসি হায়দুনা পঞ্চামৃত অদুগা খোই অদুগা মরগা থবান্‌মিচাকু গুরুশিদবগী মথাদ থোকপ থবান্‌মিচাক য়েংলগ য়াযন। থাম্ন লমদ পুথোক্লগা খোইশিংছু থবান্‌মিচাক অক্ষদা শিন্নে।

পঞ্চামৃতদি:—যকোম অমৌবা, অফম্ব. ঘা খোইহি চিনি অসিনি। পঞ্চামৃত অসিন্থ খোইবু থাদোকপ মকম হৃদ থবানমিচাক নিংথৌশিদা য়েংদুনা কংলম্মু। অভম্ব দ,ক্ষণাস্থ কংচহল্লু। ওঝা শ্রীতর্পোণনদি লকোই অমুনবম্ব পঞ্চামৃত অ দ হাপ্পব তাকপিরমই।



# মৈতৈ মাইবগী থৌরম অম

মী অমা শিরমদাইদ মাইব ওইবিনব কৌরবদি— পুথোক-লমদাইদ "ওঁ হং সং ক্রাংক্" হায়দুনা খুৎতা শোল্লগা বাথনা (ভাবনা) শ্রীরাধিকা মন্ত্রগা ইমা ইচে রেমশিদবীনা থোং থিংবি-রবমে হায়দুনা হবচাংগী থোঙ্ ৯ (মাপল) থিংহনবিরো অদুগ মীওইশিংগা পোৎথাবা খুদম ওঁ ক্লীং শ্রীং অনি শোল্লু। অদুগী মতুংদ থাদোকপি ব থোং "ওঁ হং সঃ করং" হায়দুনা থোংদ লৈথোকপা খুত্তা শোল্লগা মানবপনি।

লৌশাই শেনখুনা বৈকুণ্ঠনে মিংল্লুমগী মচক লাইপকনা নবদ্বীপ নত্রগ গুরুগী একসংনে। থমোয়না শ্রীবৃন্দাবননে। মফম অদুমাসদা চংপা মী অদুদি নোংগোক তাদে অমুমন থওউ। মন্ত্রসি থোঙ থিংব অমম্ভুং থাবগী মন্ত্রনে থওও। হে মাইব! হৌনব তৌবিও।

---

লোইরবা

অইবপী অফোংবর লাইরিকশিং :-

১। লৈশক লৈথারোল পুয়া

২। চাউবী উপন্যাস

৩। মৈতৈ ময়েক অহানবা

৪। মেলেরিয়া ইরা দিকেস র

৫। তোম্বি বিয়াং

৬। কাইবরোল

৭। মৈতৈ কুম্পাব অশম্ব

৮। নুংলোল থবাল

ফংফম :-

অইবপী য়ুম

য়াইস্কুল, পুলিশ লেন, ইম্ফাল।